# অলংকারশাস্ত্র

লেখক

শ্রীদ্বিজমণি দেব শর্ম্মা, এম্. এ.

# বিষয়সূচী

# অলংকারশাস্ত্র



কাব্য লেংবগী থবক্তা তেংপাংবা অমসুং মাহুৎবু করম্না লেংগদগে হায়বা জ্ঞান পীবা শাস্ত্র অদুবু অলংকারশাস্ত্র কৌই। অলংকারশাস্ত্রনা কাব্যগী শক, দোষ, গুণ, অলংকারনচিংবগী জ্ঞানগী মরমদা মিং পাঙথোকহল্লি। ব্যাকরণশাস্ত্রনা লোল অমবু করম্না চুম্না ইগদগে অমসুং তাঙগদগে হায়বদুগী মরমদা জ্ঞান পীবা গুম্না অলংকারশাস্ত্রনা কাব্যবু করম্না চুম্না লেংগদগে হায়বদু তাকই। মরম অসিনা লোল হৈননবগী দমক ব্যাকরণ-শাস্ত্রনা তঙাইফদবা ওইবা গুম্না অলংকারশাস্ত্রসু কাব্য লেংননবগী দমক তঙাইফদবনি।

অলংকারশাস্ত্রদা নৈনগদবা হীরম য়ামই। অহানবদা, কাব্যগী শকফম নৈনগদবা মরু ওইবা বিষয়নি; কাব্যগী থবায় করিনো, করিনা হকচাংনো হায়বদু নৈনবা তাই। মথংদা, কাব্য লেংবদা করি করি দোষ লৈহল্লোইদবগে হায়বদু নৈনগদবা বিষয়নি। মী ওইবগী থৌনাফবনচিংবা গুণ লৈবা গুম্না কাব্যগীসু মাধুর্য্য, প্রসাদনচিংবা গুণ লৈরি। মীওইবগী লীক-কোলন-চিংবনা লৈতেং ওইবা গুম কাব্যগীসু উপমা, উৎপ্রেক্ষানচিংবা অলংকার লৈ। নাটক লেংবগী মরমদসু অলংকারশাস্ত্রনা জ্ঞান পী। অসুম্না থক্তা পনখিবা হীরমশিং অসিনচিংবা কাব্য লেংবগী মরমদা মথল-মথা য়াম্না জ্ঞান অলংকারশাস্ত্রনা পী।